মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভাগী খোমজিনবা শৈরেংগী লাইরিক অমা কোঙনবা হোংনবদা ফোঙথ্রবা লাইরিক্তু শিংদগী পার্মিসন অমসুং ফোঙজিবা শৈরেং পীবিরকপা শ্রীজয়চন্দ্র কোমসব, শ্রীপি, কোকঙাং, শ্রী৺অঙাংহলগী শৈরেং অমসুং শ্রীই, সোনামনি সিংহ, শ্রীএস, লালবাবু সিংহ, শ্রীএল, য়াইমা সিংহ, শ্রীগৌরচন্দ্র শর্মা, শ্রীনন্দ সিংহ শ্রীফলেন্দ্র সিংহ, শ্রীআর, কে, সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ অমসুং শ্রীনীলবীর শাস্ত্রী—খ্বাই অসিগী মফমদা তৌবিমল থঙবা ফোংদোকচরি।

# ৱাহৌদোক।

পূৱ্লিংদা লৈবা ৱাথলশিংবু মী অমগী নাকোংদা অমদি থম্মোয়দা হুংঙাইবা, অৱাবা, কপনীংবা, অতুগা হুংশি হুংঙোৱচিংবা পোকহন্দুনা দেশগী, সমাজগী, ধর্ম্মগী চাওখৎপগী মায়কৈদা মী পুম্নমকপু খোন্দুনা পুবা অসিতনা কবিতা রচনাগী অথোইবা উদ্দেশ্যনি।

উদ্দেশ্য ওইবতা মত্তনা মীওইবগী পোকঙৈদগী লোয়নৱকপা ধর্ম্মনি। অতুনা মী খুদিংমক মাগী মাগী শক্তিগী মতুং ইন্না শৈৱেং পুথোক্কুনা জগত্তা তাহন্নীঙবগী আশা অসি ইথম থম্বা ঙাক্তনি। সমাজলোচকশিংদা থাজনা থীনা অমদি মতিক চানা চাদনা থোকউবত্নুনা ৱা অমনি। তৌবগীদি খঙহৌদনা মথন্ত থোকচৱকপবু থী-কজে হায়ৱিবসি অৱানবা অমনি। মচা কায়নত্রিবা অমনা মচা কায়নবগী মতাং অমবু শৈৱেংদা লেঙঙকপদি ফজনা থোকউবস্নু য়াই; থীনা থোকউবস্নু য়াই। তশেংনা অমত্তা ঙায়জৱবা মচা পিশক অমা শিবদা মোংকমদা থৱো থৱো ওন্দুনা মচাতুবু কৌৱ কৌৱতুনা থম্মোয়দগী হৌৱকপা ঈথক অতুবু ফোংদোকচৱিবা ফোংদোকচৱিবী মহাকী মথন্ত থোকচৱকপা তেংথা-নাওইগী শৈৱেং অতুবুদি কনা অমত্তনা থী-কজে হায়বা য়াৱোই। মুম্না থল্লুৱবদি খ্বাইদগী ফজবা শৈৱেংদি মাগীতুনা ওইৱিবনি। অসিগুম্বা শৈৱেংবুদি লাইৱিক হৈবা হৈতবা, কবিতা কদায়বু কৌবগে হায়বা খঙদবা নিপা খঙদে, তুগী খঙদে, নিংথৌ খঙদে চান্নীব খঙদে মী খুদিংমক্না ফোংদোকই।

অশেংবা তৌশিন্নদবা (artificial নত্তবা) শৈৱেংদি মতুতনস্নু ওইৱিবনি। মচাস্নু কায়দনবা, চোকী মথক্তা ফমদ্বনা চুরুট চিংতুনা মচা কায়নবগী শৈৱেং লেংলকইবা কবি অতুগী শৈৱেংদি মপাল্লা পাবদা তাবদা ৱান্না কজরব্দি য়াই; অতুবু মতুদি artificial নি, তৌশিন্নবনি।

কন্নাগুম্বী অমনা ভুরেল খোংবান্দা ঃ—

"ইমাগী ইবুংঙো মুংশিবা !
পারী নংবু কৈদনো ?
পলেম নমাবু মুংশিদতুনা
লমদম কৈদবু চৎপ্রবা !"

অসিনচিংবা মশা মথন্তা, অসি হায়গে হায়তুনা থলহৌদনা খোকথিবা শৈরেং অসিতনা ফজবা থম্মোয়দগী চান্ননা খোরকপা অশেংবা শৈরেং হায়বতু ওইরিবনি। মী খুদিংমক কবি ওাক্তনি।

মরমদি, মী খুদিংমক অসি অমনা তাবান্নু ংঙাইনব না-বু তাবা মুন্না য়েংতুনা মী অমবু মুংঙাইহন্নবা, শাউদনবা, শাউগৎহন্নবা কপহন্নবা হোৎনরিবা ওাক্তনি।

লাইরিক হৈত্তবী কবি ওইদবী লোৌবী ময়াদা লেপ্লিবী মপি তরং তরং চেল্লিবী মুপী অমনা হায়দোরকপা অরাবা শৈরেং অতুদি অতাবা মীতুবুমু খুদক্তা মপী তাহল্লি। জগত্তা ফাওরবনি হায়রিবা কবিশিংগী শৈরেংদি মতুম্না কপহনবা ওযতু পঙনা য়াওদে। অসি হায় হায়তুনমু কবিতা লেংবা তোক্লগদ্রা হায়বা নত্তে। মাগী মাগী ওম্বা শক্তিনা অতাবগী থম্মোয়দা অৱাবা মুংঙাইতবনচিংবা পোকহন্দুনা সংসারগী অরা-মুংঙাই কাওববু কাওহন্দুনা শৈরেংতুনা লুপহন্নবা হোৎনগদবনি। মরম অতুনা "শৈরেং অথন্নবা" হায়বসিদা তোঙান তোঙানবা লেখক কবিশিংনা ইবতুবু লৌথৎ-লৌথক্তুনা ফোংদোকইবসিমক মমল য়াম্নবনি হায়বা লৌগনি। অতুগা "শৈরেং অথন্নবা" হায়বা শৈরেং লাইরিক অসি টেক্সবুক অমা ওইবদা হেন্দোক্লা কান্নবা অমসুং অফবা ওইগনি নিংই।

শ্রীকালাচান্দ শাস্ত্রী
প্রেসিডেন্ট
মণিপুর মহারোল সাহিত্য সভা।

তাং ২০ এপ্রিল ৬৩ ইং
ইম্ফাল।

# লাইরিক্তা য়াওফম তাকপা।

# শৈরেং অশংবা

## নিজবা

হে তাইবংগী মবুংঙো !
পীনবীয়ু থোজাল হৈবা,
পীনবীয়ু পুকচেল চাওবা,
পীনবীয়ু মীতুংশি খওবা,
পীনবীয়ু অশাঙকনবা,
মংগী তাইবংপানবা পুম্বসে ॥

"লৈরাংপরেং"

# য়াকায়রোল

নোংপোক থংবা অতিয়াদা চিথৈনা মেমোন তৌরক্লে
পোম্বী চেকলা কয়ানা ইমুং শাল্লে তাক্লক্লে
কাকস্থ য়াকায়রোল শক্লক্লে।

রাখল লৈবা মীওইনা মতমসিদা হৌদুনা
মতমগী মমল খিদুনা পুক্নিং চংনা মথৌদা
নোংমগী থৌদাং পায়খরে।

অনৌবা মওাল ভবদা রাখল লৈবা কবি কনানা
খৃত্তা কলম পায়দুনা ফজবা মিংথৈ শোন্দুনা
তাইবং ধন্যবাদ তৌজরি।

থৌজাল হৈবা নহারোল চাওখৎপা পাম্বা ইবুংঙো
মতমসিদা হৌদুনা জাতিগী থৌদাং পাওলসি
মপুগী থৌদাং য়েংলসি।

ইমাগীদি পারী চাওক্রিবা পাম্বোম ফৈরা নৌরিবশা
ইঙা মিংথৈ থাদোক্লো চাওখৎপা হাননা থিররো
মালেম লৈকোয়নুংশিদা।

চরোয়না তেতু খোংলগা কাকস্থ লম্বাও পুরগা
ইমুং শাল্লে তাক্পগুম্ চাওখৎপগী মিকপ্লো
তাইবং থৌদাং য়েংজরো।

য়াকায়রোনে ইবুংঙো মতমসিদা হোগৎলো
কমুংদগী থোরক্লো নবায় অদু তাররো
অনৌবা তাইবং শেমলরো।

"লিকলাং পরেং"

## তম্মু তম্মু নহৈ

তল্লা তল্লা তুম্লক্‌ই, শায়র শায়র ওইনমই,
হংলা হংলা খঙলক্‌ই, তম্না তম্না হৈরক্‌ই,
চাওরা চাওরা শিংলক্‌ই,
শিংল শিংল ফরকই।
অরু অরুবা থবক্‌স্নু, অচৌ অচৌবা পোংশক্‌স্নু,
অপঙ্‌ অপঙ্‌বা মীশিংস্নু, য়েংথি য়েংথিবা মীশক্‌স্নু,
ঙম্বা-শিংবা-চান্নবা,
ওইরকনি মতমগী খোঙচত্তা।
তম্মু তম্মু তত্তনা, হংউ হংউ খঙদবা,
হয়েং হয়েং হায়গনু, হৌজিক্‌ হৌজিক্‌ তৌথোকউ,
টেক্‌ টেক্‌ চৎথিনি মতম’দু,
তম্মু তম্মু নহৈ’দু।

"মৈতৈ লৈরাং"

## নুংশি-থানিল

নুংশি-থানিল উদরে ভারত-অতিয়া মকোয়দা।
নিংশিং-মনম তাদরে মতম কুইনগীদমক্তা॥
কল্পনা কৌবী তারনা কূমথরে লম্মাংনদুনা
রাখল-পামেল মরক্তা ইঙেন থাগী তন্দনগুম
কুফেৎ-কাফেৎ তৌদুনা লখী থীবা মতাগুম
উরুরে দৃশ্য অমথক্‌ ভারত-লৈকোল মনুংদা—
ভারত-চনু লাইরেম্বী খুদাং-পীকম তৈরিবী

রুশকী নীতি থারিবা মচা কয়াম্থ উবদা ॥
ললোনবা কাংবু অমথক ওকনরে কৈথেল অমদা—
সীতা, সাবিত্রী য়োল্লগা বিলাতী নুপী লেপশিল্লি,
থৌরী কোঙ্গোয়-য়াইওইবা স্বর্থত্যাগকী মহুত্তা।
লংলা-মরী অশোনবা মশাগী ওইজবা তানশিল্লি,
ভরত লক্ষ্মণ অনিগী ময়াম্বা নীংথগী মৈরা'দু
য়ে থীনবগী মৈরীগা শিন্নরি মদুগী মহুত্তা।
কল্পনা তারা য়োরকলে রাহং-লমলোং ময়ায়দা
রাম লক্ষ্মণ অনিসি হিন্দু মুসলমান নত্তরা ?
ভরত শত্রুঘ্ন অনিসি শিখ পাঠান নত্তর' ?
ধর্ম্মগী উরুম-খাংপোক্তা নোংচুপকী শা চংদুনা
ভারত-শান্তি থুগাঈরে-নুংশি-থানিল উদরে
নিংশিং-মনম তাদরে ভারতকী আদর্শ মাংখরে ॥

"শাৎনিংবী"

# নুংশিবা

হে! পা-লীবা !! পাবু থঙগে,
রাখলগী মঙাল তাল্লিবা কয়ম্বা,
থম্মোয় হুথ্রবদা লৈরাং লৈনম্বা,
নুংশিববু করিগী হুনি হায়রিবা ?
তিংথংগী অরাববু লাম্ছোক্লবা থৌরাংদা,
য়েক্লবগী লাঙ্গোই, চৎনবীগী ঈচেল,
মুরবা মৈতানগী মরুক্তা সনানা,

শারবা মৈঙাংদা, মুংথংগী শাফুদা,
হন্না হন্না ফুদোংলগা ফজবগুম,
কোয়ঞ্জগা য়েক্লবনা মাইকৈ মরিদা,
অহোইনৈ থোইনা থম্মোয়দা মুংশিবা।
পুখ্রি চাংজৌ মরিগী অকোয়বদা
নিংথিবা হেনগৎপা লাইজগী ইপোম
স্নাগী থম্বাল তাওবগুম ঈয়ায়দা,
তৎনবা য়াদ্রবা থম্মোয় অনিদা,
য়ৈরবদা থাইনা মৈশাগী অরাবা,
তোর্ব্বান অনিগী মরক্তা চেল্লিবা,
অতৎপা লৈত্রবা ঈচেনগুম পীরাংনা,
মপুগী অকুৎপা তমলবা লাইজগুম,
লৈতেংদ্রনা অথোইবা পাঙ্গল তানবরু
করম্না মিংতাংবনি হায়রিবা মুংশিবা।
হে! রাখলগী মঙাল তাল্লিবা-পা-লীবা
অরাম খোয়াংবরু কাওবা ওল্লবা,
অরা-মুংঙাই চাং তমলিবা,
অমম-অঙাল মৈরাগুম ঙাল্লিবা,
অসিগুম্বা মুংশিবু কৎথোক্‌পা ওল্লবা,
অরাম-খোয়াংনা মল্লবা থম্মোয়দা,
অথোইবনি মহাক্তো, মুংশিবনি অশেংবা।

"মোল্লাং কংম-লোল"

## ফজবা

ফজবা! নংশিবু কনানো?
স্বর্গগী নন্দন কাননগী
নাইতোম শাৎপী লৈরাংপা?
করি লমদা শাৎপনো
মীওইবই থম্মোয় লৈকোলগী
তোমশাৎনবী শিঙেল্লা?
প্রনয়ীশিংগী থম্মোয়দা
সুংশিবগা নক-পোৎশিংদা
নহাক্কী কাইদোং ওইরবা?
নত্তে নত্তে, নত্তে অমত্তা
তাইবং পুম্বা শুক্কাৎলিবা
মালং পুম্বা শেম্বীরিবা
নহাক্কী মতিক চাওরবা
থম্মোয়'লৈতেংনি নিংথিবা।

"রাখল শৈরেং'

## হে ভারতকী অথৌবা!

অমুবা লিনগুম্বা, য়োৎকী য়োহ্নিং,
সনাগা খুজিগুম, হরাওনা শিথিবা।
যমগী দণ্ডগুম্বা, ফাঁসীগী থৌরী,
লৈরাংগা পরেংগুম, মোমোল্লা হুকথিবা

নরকী কোমগুম্বা, জেলগী চেক্পল,
নন্দন কানন্নি, থম্না লৈখিবা—।
বজ্রগুম তমথিরবা, অথৌবা শঙ্গিন,
থা চিঙ্কা থাওখিবা, অয়ো নাহেখিদবা।
গাইদুনা লৈখিবা, মতমগী থোঙ্গেল,
শোন্দুনা থাওখিবা, অহিংসা সত্য প্রেম।
নোংমৈগী গুলী, লৈরাংগুম থোংখি,
তোপকী থোঙ্গেল, বীনাগী থোম্থাংগুম।
শিম্থখিবা ঈরিক, অকনবা নঙোন্দগী,
গঙ্গা যমুনানা, ঈহৌরকখি মিহৌবনা।
সিন্ধু কাবেরী, লাওনখি রা রা,
লাকপিয়ু ঐঙোন্দা, তিনবিরো ঈচেন্দা।
নংগী থরাইনা তিনথ্রবদা মালংদা,
পূণ্য চেল্লবা হকচাং মিহৌনফম ওইনখি।
আকাশনা ঈশিংনা, ওরুখি মৈনা,
অরোইবদা কোনখি, পৃথ্বীনা চেজেংনা।
অশেবা কনাগী, শৈশক্তা তাখিদে,
কবি কনাগী শৈরেংদা ভুখিদে।
ভুবা লৈখিদে, করিগুম্বদা ঐহাক্না,
সুংশিবা শক্তমদো, অকনবা নংগী।
স্বাধীন ভারতকী ইতিহাসনা সাক্ষী ওইরি,
তাক্লি তোয়না যুগকী বীণানা।
ভুদনা থওলে হায়দ্রবদ্ব তারে,
নথৌনা তাকলে হে ভারতকী অথৌবা।

"অহিং লিক্লা"

# ইনৌ চাবা

মথোন কাবা ইনৌ চাগে,
হুপনৌ লক্কা কারকইবা ।
লেমৈ ওইবা অপঙবনি ॥

সমদ্রগী লাইজ'ঙুনা,
মালেম থক্তা তারবনি,
কোরৌ থক্তা পাইথক্কুনা,
হেনকদবা মায়কৈ পাংই
তিনথিবনি সমদ্রদা ।।

ঙাইহাক্তুগী ইচেম্নি,
ইচেল'ঙুগী মরুদি,
নতুং লোমদা লৈহোরে ;
কাগ্রপনু হন্থরো ;
অতোংবদা পম্বেংগনি
মাইবী শোইদ' মাংগনি ।।

"শৈরেং থরা"
(অনিঙবা শরুক)

## ইরৈবাক — খোংজোম

অরাংবা চীংদোন কাহুনা
অচৌবা সমদ্রে লান্দুনা
অপাবা লৈচীল হাইদোক্নুনা
অরুবা পতাল চংদুনা,
কোয়না থিরুগদবা নত্তে ।।

হিদেন খুদিং কুমদুনা
তীর্থ শিম্মা চত্তুনা,
মোংফম কয়াদা থুংলুদুনা ;
ফুরা কয়াদা য়েংলুদুনা ;
কোয়না থিরুগদবা নত্তেদো ।।

য়োরু য়োরুবা মফমগী
থেংনা থেংনরুবা লমদমগী
লিচৎ-শাজৎ মীওইবগী
রাওাং-শাওাং তারুরগা
মরাংবা রাথল পোকনিদো ।।

মালেম থুংনা য়োরুবগী
কোয়না কোয়কৌ কৌরুবগী ;
তাইবং খোনফম তাবনা
শয়েং পাঙ্গল হনবমা,
পুন্সি তেমবা ওইমিদো ।।

গঙ্গা—যমুনা—ত্রিবেনী
তীর্থ রাত্তনা লৈগনি,

আমেরিকা-রুশ-ব্রিটেন
শক্তি লৈবা পাঙ্গলবনি ;
ঐগী নংগী ওইদেদো ॥
লাইরবা-অনংবা ইরৈবাক
পেরিস-লণ্ডন্না কৈদৌনি ;
পীরবস্ নীংতম্বগী তীর্থ
খোংজোম কৌবী তীর্থসে
অশেংবা ঐগী-নংগীনিদো ॥

"নন্দসিং"

## মৃত্যু

শাৎচরো লৈরাং শাৎচরো
হায়গুম বসন্ত লৈকোন্দা, লৈরাং শাৎহোরো
লৈরাং লৈমন চল্লবদি, নিংবা আশা কায়গনি
তাইবং চার শেম্নবা, ইন্নুং ওাল্লগা শেমলরোই ।
শাৎফমদা শাৎলগা লৈকোলদা অহুম কেনগনি
লৈরাং হেক্কে লান্নবা, নাচোম পরেং শেমথরি ।
কবিগী পাওখোল লাকত্রিবৈ নিঙাইদনা কেনখিনুদা
মাওগী মতমদা পৃথী পোৎলুম পুরম্বা,
অথং থংদা তাইবংনি, মীনোকচাওবা মীওইনি
থন্দুনা তুংগী ফিভম তাকপরা ।
হা । পন্থৌ অচানবা, মালেম লৈদা খোঙদোইরকখো
থমমুং মতম ওইদরি, রাংলেন পুংজা অমত্তং
চিক্না রারী শাথিসি ।
থান আর্তি তৌদরি, হুমিৎ নোংচুপ্ পাংদরি

পোম্বী চেক্লাম্ন চিল্লোকলী, উনা মাঙবা থাজম্ন লাক্তরি
তাইবং ইসৌ লাংথিসি।
নতোম নত্তে চৎকদবা, মপুনা থাবা তালদা
মালেম নৈদা কূমহুনা, জগোয় খুৎথেক কোংথিসি,
মপুগী পুক্লিং পেলহনসি, অমম অঙাল তাইবংনি
মঙাল শাকম্ন পাম'নুসি,
মপুগী শিম্বা তুংওইনুসি, তাইবং খোংকাপ হনগনী।
"কাম্বী মমৈ লোয়দরী, শজিবু নৈথোং কাত্তরি
কুমগী ইথৌ লাংথোও"!
তাইবং লমজেল চেনবদি, অকোন অহান নাইবনি
লমথুং পোইরৈ য়ৌরগা হম্ন'মুক নিংশিংদবনি।

"লিকৃলাং পরেং"

## চীংগী নৈরাং

তমগী খোইমু—

শাংহোইনে তমদা
চীংদা শাংগী ইচল ও!
নতোম কনা য়াওদনা
চিক্লবা লোকমুং
শকমাম্নবী নতারোই,
কাইদোংকম চাবা পামেলদা
নিংঙাইদনদি শাংলিবা॥
শোংলবা মোংশোং
কিদবরনে ইচল ও।

চীংগী নৈরাং—

তমগী ইবুং মুংশিবা
তমগী ঈম্নাং মুংঙাইবা
নচল ঐদি খঙ্গরুদে
লমদম অসি তমথিবা

তিঙ্খংনা থনবা ওইগনি লৌনম লৈবগী মকমদা
শাৎচগে অমুম নুংলক্তা তিঙ্গগে তিঙ্খং মরক্তা
হায়খিসনু চিগোংলৈনি ॥
ইতা মথোয়গী মতৌবু
ফংজদরি শিংথানরিবী ঐহাক্না,
তমগী ইবুং নহাক্কী ॥

তমগী থোইমু—

নোংথি নোংমংবা থাবল ময়েক লারবা থাবল
অমতনি থল্লি নোংইন্না, ইচল নংনা শাওরগা
থোইনা হেন্না মচাকলে থাম্লগনু অমুক হন্না ॥
শাৎলুরসি তমদা তিল্লুরসি নতারোই লক্তা
চীংদা শাৎপী ইচল ও !
ইকাইথিবা মবুংনা
শেমজরগে লৈথোং
শাৎলুরসি তমদা ॥

চীংগী লৈরাং—

হাদা ইতারোই নুংশিবীথোয় তাবরনে লাইবক থিবীগী
কায়নরমদাইগী থোঙ্গেলসে, হাদা ইতারোই নুংশিবীথোয়
উদবরনে লাইবক থিবীবু তমথিবা 'খুত্তা তাগদৌরিবসে ॥
মরা য়াউনা ফুক্তোকপীরে তমগী মাইকৈ পাংলক্লে
ইবুংথোয় অমতা লৈত্রবরনে ?
লমথাংদগী লাইবকথিবীবু
কব্বীহৌনে ! কব্বীহৌনে !
তমগী ইরাংলক্তা শাৎচনিংদবীসি ॥

"মঈ শিক্ষা—১"

# শক্তম

তাইবং মালং পানবনা
মোন্নু তাইবং মপোক্না
চেংলৌ শক্তম লোত্তুনা
খাইনা মৈশা লাংলিবা
কনাগী শক্লোন পুবনো।

লাংওন কয়াগী মমাংদা
কনাগা চাংদম-নখিবা
মপোক লা ওন কয়াদা
চেংলৌ শক্তম উত্তনা
মপু মাগী শকলোনলা।

হায়ঙমদবা তাইবংনা
মালং শিদা পান্দুনা
অরা-মুংঙাই য়াওনবা
চাওদা শাংদারক্তুনা
মোন্নু তাইবং ওইবরা ?

মোন্নু তাইবং শেম্বীবা
পলেম থম্মোয় মুংদগী
চেংলৌ শক্তম ওনবরা
শকলোন কয়া পুত্নুনা
মতোম মতোমতা লৈবরা ?

মালেম লৈমায় য়ান্দুনা
লৈরাং চার থাখিবা
মোন্নু তাইবং ওইদুনা
মানা মানা তৌজবা
অদ্ভুতবু ফংবরা !

"লৈরাং পরেং"

## ভারত পোকপী

চীংবু য়েংলে নিংথিবী তমবু য়েংলে রাত্তবী
সমত্র য়েংলে শকহেনবী ভারত পোকপী পলেমগী ।।

জাত্তি-বিজাতি খায়দবী
অন্নাৎ-অপা লৈতবী
মিচান-মিকৌ ফজবী
ভারত পোকপী পলেমনী ।।

স্বাধীন ভারত ইমানি অমোৎ-চরৈ হোংলবী
অরূবা চরৈ থোনবী ভারত পোকপী পলেমনি ।।

মচু অহুমনা লৈতেংবী
নোংমদোল খেৎনা পাইবী
স্বাধীন ভারতকী ফিরালনী
ভারত পোকপী পলেমগী ।।

মচা নাওয়োক চংখোনবী চায়াম পোকপী ইমাগী
শান্তি লৈবা শুমগনি ঐখোয় লিংজেন মামরগা

মগুদা ওইবা মওংগুম
কোঙ্গোন্না ইমায় তাকপগুম
পুন্সিগী অরেপ্পা খগুদবা
ইমাগী সেবাদা কথোকসি ।।

"গৌরচন্দ্র শর্ম্মা'

## মাংদবা লল

নাংবা-ত্তাবা কৌবা লৈত্রবা,
তাইবং পুন্সিগী লল অথোইবা ;
লেঙদবা মিংচত্তনি ।।
লৌ-ইংখোল পুন্নোইদো শিবদা,
মিহৌচাওবা চেনকদে তাইবংদা ;
মিংচত্তবু খিল্লমউ ।।

"ইবোহল"

## কৈদনো

তৎতনা চেল্লিবা
অরেপ্পা লৈত্রবা
তাউথরি ঐহাক্তী
পুন্সিগী হিরেল ।

ভুরেলগী ঈচেনগুম
তাইবং খোংচৎতা

ঈরৈসে কল্লে
লৈরাইদা খেংলনি
কনানা শাবিনি
পুন্সিগী হিনাও ।

হিন্নায়সে ত্তাওরে
হিবানসে কায়রনি

ঐগীনি হায়বনা
ঐত্তনা তোংবদা

হিপোং থল্লবা
হিরাক্করবা

করম্না য়োগনি
ঐহাক্কী পম্বুং।

চাওরবা ঈথকসে
শোয়দনা থেংলনি

ইমাংদা লৈরে
হিরেলসে লাক্লনি

লুপ্পনি ওসিদি
ঐহাক্কী 'পুম্বা।

অপিকপা ঈচেম্মা
অতাওবা কোঙ্গোলনা

ইপাক তম্বনি
ঈমাগদা হাকপনি

ঐগীনি হায়বনা
কৈয়নো তিল্লুফম ?

"প্রকাশ"



হৈরবা